মীতৈরোনগী

# অহুম শুরকপদা তমনবা

## লাইরিক্কী অথ লাইরিক।



লেখক

শ্রীখুরাইরাকপম নবকিশোর সিংহ

[illegible]

প্রকাশক –

শ্রীখুরাইরাকপম গোপীমোহন সিংহ।

ইমনাম লৈকাই, ইম্ফাল।

মণিপুর।

২০।১২।৩২ইং।

মমল ।/০ অনা মঙা।

# ৱাহৌদোক।

হৌজিক মণিপুর পাঠশালাদা লাইরিক তমলিবা, অহুম শুরকপা শ্রেণীগী পাঠ্য "অহুম শুরকপদা তমমনবা লাইরিককী" অর্থ লাইরিক অসি, ৱাহং, পাওখুম অমস্তুং পাওতাক য়াওনা লেংজরে। অঙাংশিংনা তম্বা মতমদা মখোইগী মতেং খজিক খজিক ওইননবা, পুকচেলচাওবা শ্রীযুক্ত শিক্ষক মহোদয়শিংনা, লাইরিক মচাশিংগী মমদা পাওতাক পিবিদুনা তমহনবিরবদি; মখোইদা খুদোং চাগনি হাঙ্গনা খঞ্জে। ইতি—

বিনীত—

শ্রীখুরাইরাকপম নবকিশোর সিংহ

হেড্‌পণ্ডিত।

# সূচীপত্র ।



———

# মীতৈরোনগী

## অহুম শুরকপদা তমননবা লাইরিককী অর্থ

মরমচং ফজবা অঙাংমচাবু খ্বাইনা নুংশি।

অর্থ ঃ—মীতৈরোন—মীতৈ লৈবাকতা (মনিপুরদা) লৈবা মীতৈ হাঙৈবা জাংনা লোন্নরিবা মরোল।

মরমচং ফজবা—অরানবা অমম্লুং মীগী ফত্তনবা তৌদবা। লৌশিং—অফফত্তগী খাখল। অঙাংমচানা—চহি য়ামদ্রিবা অঙাং নাবানা। লাইরিক লাইশু—লাইরিকনচিংবা মহৈ। নুমিৎচুপ্পা—মতম পূমনমকতা। শান্নদুনা কোইদে—কোইনা-কোইনা চত্তুনা শান্নদে। পারাগী—নোংমদা তমননবা শরুককী। ওঝা ইবুঙোনা—লাইরিক তম্বিবা ওঝানা। য়ামনা—থোইনা হেন্না। পেনবি—হরাওবি, নুঙাইবি। মচিন্দা পন্দে—হাঙৈদে। গুরুজননা—মমা, মপা ওঝানচিংবা অহল লমননা। অদুতা—মাদুমকতা। ইন্দবা—থৌওইদবা। থাম্বা—থিংবা। থ্বাইনা—মী পূমনমকনা। চাল্লি—নুংশি, থৌজাল্লি। পূমনমক—ঙমনমক, থিবিকমক।

ৱাহং—মীতৈরোনগী অহুম শুরকপদা তমননবা লাইরিক হাঙৈবদু কদাইবু কৌবগে?

খুম্বা—মীতৈরোনগী অহানবা, অনিশুবা তম্বা লোইশ্নবা, মতুংদা তমলকপা লাইরিক অদুবু অহুমশুরকপদা তমনবা লাইরিক কৌই।

ব্বাহং—মরমচং ফজবা অমসুং লৌশিং শিংবা অঙাং হাঙ্গীবদু কদাইবু কোবগে, অমসুং মখোইবু মীনা চানবিবা করিগীনো ?

খুম্বা—অতোপ্পা মী অমদা ফত্তবা ব্রাহৈ হাঙ্গীদবা, অরানবা থবকসু তৌদবা, অহল লমনদা ব্যবহার কাইদবা মখোই অদু মরমচং ফজবা অঙাংনি। অদুগা মতম লৈবা খিবিকতা শান্নদুনা, কোইদুনা অরেম্বদা মতম মাংহন্দ্রিবা মখোই অদু লৌশিং শিংবা অঙাংনি। মরমচং ফজবা, লৌশিংশিংবা অঙাংনা ফত্তবা অরানবা থবক তৌদবা অমসুং অরেম্বদা কোঈদুনা মতম মাংহন্দবা মরমনা নখোইবু থব্রাইনা চানবিবনি। অদুগা ওঝানসু য়ামনা পেনবি।

ব্বাহং—মরমচং ফজবা অমসুং লৌশিংশিংবা অঙাংশিংনা গুরুজননা খাম্বা থবক অদু থক তৌদ্রিবা করিগীনো ?

খুম্বা—মরমচং ফজবা অমসুং লৌশিংশিংবা অঙাংনা গুরুজননা খাম্বা থবকতু ফত্তবনি হাঙ্গীনা থংদুনা থক তৌদে।

পাওতাক—মরমচং ফজবা অঙাংমচাবু থব্রাইনা চান্নি হাঙ্গীবা পারা অসি তমদুনা করি পাওতাক ফংবগে ?

খুম্বা—লমচং ফজরবদি থ্রাইনা চান্নি। ঐখোইসু লমচং ফজনবা কন্না হোৎনগদবনি হাঙ্গীবা পাওতাক অসি ফংই।

---

# ফত্তবা অঙাংমচাবু কনানসু য়েংনিংদে।

অর্থঃ—বেণী—অঙাং অমগী মমিংনি। ফত্তবা—মরমচং ফজদবা। য়েংনিংদে—মুংশিদে। ব্রাতাদে—হাঙ্গীবাথৌওইদে। অমুক্তসু—থক, অমুংক্তসু। য়েংদে--ঊব্রাইদে। শান্নদুনতা—চেন চোংবনচিংবা শান্নবা

তৌহুনতা। তমফমশংদা—তমননবা শংদা, স্কুলদা। হনথ্রবা—চংথ্রবা, কুমথ্রবা। হুন্দোক্কুনা—লংশেক্কুনা। মতুংগী—অকোনবগী। নিনথোংহুনতা—লাও থোংহুনতা। ওংলি—নুঙাইহন্দে। অচাপোৎ—চাননবা পোৎচৈ। লাহুনা—থৌরাং তৌহুনা। চাইথোক্কুনা—চাইথাইহুনা, লংশেক্কুনা। লংথোকই—হুক্লেকই। অসাপিয়ু অহুপিয়ু—পোৎ অমম্মু অমম্মু পিয়ু। ক্ষীর—শঙ্গোম ক্ষীর। মিঠাই—ঘী, চিনিনচিংবা গ্রান্নহুনা শেম্বা অথুম্বা পোৎ। উৎপাত—ওৎপা। থীনা—ফজদনা, চৈথাংহুনা। য়েগে—ফুগে। চৈ—ফত্তবা ৱা হাঙ্গী। শান্ননিংদে—তিন্ননা শান্নবা পামদে। অহুমক্তদা—অহুম ওইনমক। মপুন্সিচুপ্পা—শিন্দ্রিবা ফাওবা। মাধব—অঙাং অমগী মমিং। মূর্খ—অপংবা, লাইরিক হৈতবা। অৱাবা—অনংবা। চোকশিল্লু—হৈনতৌজৌ, ফাদোক্কন্নু, লুনা তৌ। মতৌ তমগন্নু—মানা তৌবগুমনা তৌগন্নু।

ৱাহং—ফত্তবা অঙাং হাঙ্গীবহু কনাবু কৌবগে ?

খুন্না—মমা মপানা হাঙ্গীবা ইন্দবা, লাইরিক লাইশুদম্মু পুক্নিং চংদবা, অমম্মুং মমান্নবগা খৎন চৈনহুনতা লৈবা অহুবু ফত্তবা অঙাং কৌই।

ৱাহং—বেণীগী মমানা বেণীদমক অচাপোৎ থম্বিবহু মানা করি তৌবগে ?

খুম্বা—বেণীগী মমানা মাগীদমক অচা অথক মথল মথল তৌহুনা থম্বিবহু, বেণীনা উবমক্তদা পোৎ পূমনমক অহু চাইথাই। ক্ষীর, মিঠাই, য়াওদে, হাওতবা পোৎ চাবা হৌনব্রা ? লৈরম লৈরম্বা পোৎ পূমনমক অহুনত্তনা, লৈত লৈত পোৎ অতৈ অতৈংম্মু পিয়ু হাঙ্গীহুনা, মমাবু চৈথাংই অমম্মুং চৈনা ফুগে তৌই।

ৱাহং—বেণী হাঙ্গীবসি করম্বা অঙাংনো ?

খুম্বা—বেণী হাঙ্গীবসিদি য়ামনা ফত্তবা, মীনা নুংশিদবা অঙাংনি।

ৱাহং—বেণীনা লাইরিক তম্বগী মরমদা করি করি থংবগে, মাহ্র নিংথিনা তাকউ।

খুন্বা—বেণীদি লাইরিকতা পুকনিং চংদে, নোংমতম্ম্ পারা ফাদে, মানা তমনরিবা লাইরিক অদু নিংথিনা মক্ষম নাইনা থমদে। মরম অসিনা ওঝা ইবুঙোনা মাবু য়ামনা চৈ অমস্থং নুংশিবিদে।

পাওতাক—লমচৎ ফজদ্রবদি মীনা নুংশিবিদে, লমচৎ ফজনবা হোৎনগদবনি।

---

# মীগী মপোৎ পামলুগনু।

অর্থঃ—মপোৎ—পোৎচোই। পামলুগনু—পোনিংগনু। চন্নখ্রে—চৎনখ্রে। গোপালদি—গোপাল কৌবা অঙাংদুদ। কুমথরক্তুনা—মথাদা কুমথদুনা। থাককী—খুদাগী, শারিগী। শনাগী—নিংথিরবা, লংলবা মমল য়াম্বা ধাতু মথল অমগী। পৌখক্তুনা—থাঙক্তুনা। চেকশিন্দবা—ফাদোকপা। হুন্দোকলমলমালে—হুন্দোক্তুনা চৎথিরমলমালে। থোংশংবগী—দ্বারীগী, চৌকিদারগী। থুপখিগবরা—লোক্তুনা থমখিগবরা। উক্তুনা—উহন্দুনা। অপংবা—লৌশিং লৈতবা। আহা—ওম্তোকপনি, অৱাবনি। তাহৌররিগবা—তারিগবা। থন্নররিগনি—ৱাখল তৌনররিগনি। ফংবনিনা—ফংলুরবনিনা। নত্তে—চুমদে। হুৱানবা—মপু তাকতনা লোন্না লৌবা। মপুদা—পোৎ অসি লোইবা মীদা। হরাওরে—মপুকনিং মুঙাইরে। মতমবাকতা—মমাগী তমপাকতা। চুপলদুনা—চুপ্তুনা। স্কুল চৎলমদাইদা-স্কুল কারমদাইদা। তমদুনা—হাইদুনা। থাগৎনবা—মরমচৎ ফজবগী ৱা হাঙবা।

ৱাহং—গোপাল হাঙ্গৈবা অঙাং অচুনা লিকপরেং অমা কদাইদা মতৌ করমনা থমখিবগে ?

খুম্বা—গোপাল হাঙ্গৈবা অঙাং অচুনা স্কুলগী ছুটী থারগা অঙাং অতৈ পূমনমক অমমম ওইনা চৎনথুগা, মানা খৱাইগী তুংদা, চৎথোরকপদা স্কুলগী দারী কুমথফমগী থাক মথাদা শনাগী লিক পরেং অমা তাচুনা লৈবা উরচুনা মাচু খুন্দুনা মযুমদা পুবগা মমাদা পিরুই।

ৱাহং—গোপালনা লিক পরেং অচু ফংবা মতমদা মাগী মপুকনিংদা করি করি থনখিবগে ?

খুম্বা—গোপালনা লিক পরেং অচু ফংবা মতমদা আঃ! কনাগুম্বা অপংবা অঙাংনা লিক পরেং অসি হুন্দোক্লুনা চৎখিবা ! অতৈ অতৈ মীনম্ব অপংবনি হাঙ্গৈবিররিগনি। লিকপরেং অসি মথোইনা অমুক হন্না ফংলরোই হাঙ্গৈনা নিংলিনি হাঙ্গৈনা, মাগী মপুকতা নিংখি।

ৱাহং—গোপালগী মমানা মাগী মপুকনি থংগে হাঙ্গৈচুনা করি করি খুমখিবগে ?

খুম্বা—গোপালগী মমানা "লিকপরেং অসি নংনা ফংলবনিনা নংগী ওইরে।" মাচু তারচুনা গোপালনা ইমা! মাসি মীগী মপোংনি, লৌবা হৌনদে হাঙ্গৈনা থমখি।

ৱাহং—মতুংগী নুমিত্তা গোপালনা লিক পরেং অচু স্কুলদা পুচুনা করি, করম তৌখিবগে ?

খুম্বা—মমানা হাঙ্গৈবা মতুং ইন্না গোপালনা মতুংগী নুমিত্তা লিকপরেং অচু স্কুলদা পুরগা, ওঝাগী মফমদা পিরুরগা, মপু অচুদা পিবিখি। ওঝানা চিংবা স্কুলগী অঙাং পুমনমকনা মাবু য়ামনা থাগৎখি।

ৱাহং—মীগী পোৎ পামলুগম্ব হাঙ্গৈবা পারা অসি তমচুনা করি পাওতাক ফংবগে ?

খুন্বা—মীগী মপোং পামলুগনু হাঙ্গীবা পারাসি তমলগা, মীগী মপোং পামদুনা মপু ভাক্তনা লৌববদি হুবান্নবা শাকই অদুনা মীগী পোৎ পাম্বা হৌনদে হাঙ্গীবা পাওতাক অসি ফংই।

---

# লমচং ফজবা অঙাংনা খরাইবু চপমান্ননা ন্নংশি।

অর্থ ঃ—চপমান্ননা—অথোই অহেন নাইদনা। ন্নংশি—চান্নি। রাখাল—অঙাং অমগী মমিং। ঘোষাল খোইগী—গোয়াল শাগৈগী। ওন্থোকপনি—অচুকপনি। তুমিন্নৈ—পুন্না তুমই। চামিন্নৈ—পুন্না চাই। কোইমিন্নৈ—পুন্না কোই। নোক্তুনতা—পুকনিংগী নুঙাইবা ফোংদোক্তুনাডা। অমোংপা—অমকপা, শেংদবা। মুরাথাংদে—নেত্তে। তরুতকই—তরং তরংহ। তোইগুম্বমুং—অমহিকমুং। মিং ইংনবা—মিং পেন্নবা। কোমলা—অথুম্বা হৈ মথল অমা। তংখাই অমা—খাইদোক অমা।

ৱাহং—ঘোষাল খোইগী বাম, শ্যাম অনিঅদুগী মরমচং করম তৌবগে?

খুন্বা—ঘোষাল খোইগী রাম, শ্যাম মচিনমনাও অনি অদু যামনা চান্নৈ। চাবা, থকপনচিংবা হিরম পূমনমকতা মখোই অনি অদু করিমতা নিঙাই তৌনদে। মশামউ তরু তরুই। রামনা তৌসি হাঙ্গীবা থবক অদু শ্যামনা য়াদবা তৌদে। "নং, মা" হাঙ্গীবা ৱাহৈ অসি মচিনদা থক পন্নদে। মচিনমনাও অনিদু উরগা মিং পেন্ননবা মশক ওই।

ৱাহং—রামগী মমানা নোংমগী মুমিৎতা রামদা কোমলা অমা পিবিখিবদু মানা করম তৌখিবগে?

থুম্বা—রামগী মমানা নোংমগী সুমিৎতা মঙোনদা কোমলা অমথক পিবিরমই। শ্যামদি মতম অদুদা য়ুমদা লৈরমদে। রামনা মনাও শ্যামগী দমক কোমলা অদু তংথাই অমা থাকপিরগা, মানা তংথাই অমা চায়।

পাওতাক—লমচৎ ফজবা অঙাংনা থরাবু চপ মান্নবা চাল্লি হাঙ্গৈবা পারা অসি তশ্বনা করি পাওতাক ফংবগে ?

থুম্বা—লমচৎ ফজবা অঙাংগী পারা অসি তমলগা, মী পুমনমকপু চানবিবা হৌনৈ অমসুং মচিন মনাও হাঙ্গৈবসিদি য়ামনা চান্ননা লৈগদবনি হাঙ্গৈবা পাওতাক অসি ফংই।

---

# মিত্তাংবা মীবু থৌজালবিগদবা ওই।

অর্থ :—মিত্তাংবা—মমিৎ উদ্রবা ( মিত্তাংবা—মমিং নামতা তাংবা, পুমতাং তাংবা, ইউ উদ্রবা )। থৌজালবিগদবা ওই—চানবিগদবা ওই, সুংশিবিগদবা ওই। কোম্থোংবা—থোঙ্গালদা। লাকলে—লাকুনা থুংলরে। য়াওদ্রে—লৈদ্রে। ময়াংকংলে—মশাকংশিল্লে। শেগাইরবা—হোরবা, তৎলবা। লেপলুই—লৈরুই, লৈরমই। ও-ইমা—হা-ইমা। রাবা—অনংবা। অরাবগীমশকনি—অনংবগী মতৌনি। ফি—শেৎমচানবা ফিরোল। চাকুরী—নকুরী, পৈশাবালি। রারোইদবনি—অরাবা ফংলোইদবনি। অথোইবা—অহেনবা, থোইদোকপা। অহল—হনুবা, চহিয়ামলবা। চাকনিজুনা—ভিক্ষা তৌদুনা। লেল্লি—লেন্নার। থৌজ্রাল—সুংশি তৈবা। ঙমখৈ লৈতনা—য়ামনা, অরোইবা নাইদনা। বোর—পুনশিতোলোই, য়াইফো মঙ্গল ওইয়ু হাঙ্গৈদুনা।

রাহং—মিত্তাংবা মী হাঙ্গৈবদু কনাবু কৌবগে ?

খুম্বা—মমিৎ নামতা তাংবা মী অত্তবু মিত্তাংবা অত্তগা মমিৎ অনিমক তাংবা মী অত্তবু পুমতাং তাংবা কৌই।

ব্রাহং—রাখালনা মিত্তাংবা অত্তগী মরমদা, মমাদা করি করি হাঙ্গৈখিবগে. অত্তগা মমানা করি খুমলকপগে ?

খুম্বা—রাখালনা মিত্তাংবা অত্তগী মরমদা মমাদা হাঙ্গৈ, ইমা! ঐখোইগী ফোঙ্গোংদা মিত্তাংবা অহল অমা, অঙাং অমনা মখুৎ শমত্তনা লেপ্তুনা লৈরি। মফিস্থু শেগাইবা মোৎগ্রবা অমা শেংলি, অত্তগা মশাস্থু য়ামনা কংই, মাগী কনাস্থু লৈত্রবরা ? মৌগীদা পৈশাৱালি চৎলবদি অস্থুক য়ামনা ব্রারোইদবনি। মমানা রাখালগী ব্রা অত্ত তারত্তনা, ইবুঙো! অহলস্থু ওইরে, মমিংস্থু উদ্রে, কনানা মাবু পিজ পিথক্কদগে ? মমিংনা উদ্রবনিনা, কদাইদা চৎলুত্তনা করমনা পৈশাৱালি শুরুগদগে খুমখি।

ব্রাহং—রাখালনা পিনবিবা ফিগা পৈশাগা ফংত্তনা মিত্তাংবা অত্তনা করি হাঙ্গৈখিবগে ?

খুম্বা—রাখালনা পিনবিবা ফিগা পৈশাগা ফংলত্তনা মিত্তাংবা অত্তনা য়ামনা হরাওত্তনা, মখুৎ অনি থাংঙ্গত্তুনা বোর পিরমলগা চৎখ্রে।

পাওতাক—মিত্তাংবা মীবু খোজালবিগদবা ওই হাঙ্গৈবা পারা অসি তম্বনা করি পাওতাক ফংবগে ?

খুম্বা—মিত্তাংবা মীবু খোজালবিগদবা ওই হাঙ্গৈবা পারা অসি তম্বনা, অনংবা, উপায় লৈত্রবা মীবু চানবিবা হোৌনৈ হাঙ্গৈবা পাওতাক অসি ফংই।

---

# নুংশি হৈতবা মী শাগা মান্নে।

অর্থ ঃ—নুংশি হৈতবা—থোজাল লৈতবা। শাগা—মখোং মরি পানবা জীবগা। মান্নে—খেন্নদে। খোংনাং—উ অচৌবা মথল অমা। পাম্বি—

মপাল। ঙরাং—গৌখিবা ঙরংগী নুমিৎ। নিংথিজনা—ফজনা। মরুমদা—মমিদা। নুংশাগী মৈশা—নুমিৎকী অশাবা মৈশা। তোংদুনা—ফমদুনা। ইশৈ—শঙ্গপান্দুনা খোঞ্জেল ৱাংনা শক শোনবা। শকলিবদু—শোল্লিবদু। য়েংশিল্লু—মুন্না য়েংউ। চুপ্পামকনি—অওই মকনি। মহুমদগী—মকোনদগী। লোক্কে—ফাগে, লৌগে। মানি—অওইবনি। নুংশিহৈতে—খোজাল হৈতে। কোইমিন্নৈ—তিন্ননা কোই। কুম্মৈ—ইশৈ, নোংমাই ফাগিনচিংবা। থেকদংলি—থুদেকই। নাবনা—চৈনাখোন্না। ফরৎ ফরৎ ওল্লি—থরো থরো ওল্লি। হুইবু চাহল্লি—হুইদা পিজৈ। হাক্তোকই—মথৱাই মাংহল্লি। তোল্লবশিং—ধর্ম্ম লৈতবশিং। শোল্লবা—পাঙ্গল লৈত্রবা। জীবশিং—থৱাই পানবশিং। খোদোনি—থবকনি, মতৌনি। ৱারকপিনবা—তাকপি তিকপিনবা। থামজিনবিবা—থিংবিনবা।

ৱাহং—নুংশি হৈতবা মীদি, শাগা মান্নৈ হাঙ্গৈবা করিগীনো ?

খুম্বা—নুংশি হৈতবা মীদি, তোল্লবা অমসুং শোল্লবা জীবশিং অদুবু ফারগা অৱাবা পি, মথোইগী মথৱাই হাংপদা করিসু পাম্মুবা লৈতে। অদুনা মথোইবু নুংশি হৈতে হাঙ্গৈবনি।

ৱাহং—নুংশি হৈতবা মীনা মতৌ করমনা উচেক মহুমদগী উচেক মচা ফারগা অৱাবা পিবগে ?

খুম্বা—নুংশি হৈতবা মীনা উথকতা উচেক মহুমদগী উচেক মচা ফারগা লৈপাকতা পুথরক্কুনা, করিগুম্বা উচেককী মশা থদংপি, করিগুম্বা উচেককীনা মথোং থুদেকপি। উচেক মচাশিং অদু নারদুনা লাওখোংই, ফ্রৎ, ফ্রৎ ওন্দুনা লৈ। মাদু উবদা মথোইদি হরাওদুনা থুবাক খুদুনা নোকই। অসুমনা শান্নবা লোইরগা, উচেকশিং অদু হুইদা পিজৈ। মতৌ অমসু তৌনা মথোইনা উচেক মচাশিং অদু অৱাবা পি।

পাওতাক—নুংশি হৈতবা মী শাগা মান্নৈ হাঙৈবা পারা অসি তমলগা করি পাওতাক ফংবগে ?

খুন্বা—মপাঙ্গল শোনবা জীবশিংবু অরেম্বদা অৱাবা পিবা য়ামনা চুমদে অমসুং ধর্ম্ম থোক্তে হাঙৈবা পাওতাক অসি ফংই।

---

# মীনম্বা ৱা হাঙৈবসি থোইদোকপা মৱানগী মশকনি।

**অর্থঃ**—মীনম্বা—ওইদবা, চুমদব। থোইদোকপা—য়ামনা হেন্না। মৱাদি—মানা হাঙৈবা ৱাদি। মরূপমপিজা—মরূপমপাং। নিংতুনা—খন্দুনা। খৱাইনা—পূমনমকনা। হিংবায়াই—নাম্বোকপা ওমই। লৌবিদে—তাবিদে, থাজবিদে। ফাৱবদি—থংলকলবদি। হৱিহৱ—অঙাং অমগী মমিং। ছুটী পিবিদ্রে—থাবিদ্রে। নুংশিদে—চানবিদে। থোংজিল থোংজিলদা—য়ুমথোংখুদিংদা। কোইৰুতুনসু—কোইনা চত্তুনসু। কৃষ্ণদাস—অঙাং অমগী মমিং। শঞ্জেন্নহা—ষল শেনবা অঙাং। কুম্মে—নুঙাইবা, নোকথেবা, হৱাওবা। নাৱক—বোন, জঙ্গল। ষনশেল্লি—ষলঙাকই, য়েংই। চেনশিল্লকলো—চেন্দুনা থুনা লাকলো। শল্লুপতা—ষলগী কাংলুপতা। কৈ চংলে—কৈনা ফুজিল্লকলে। তাং তৌদুনা—ওইদবা হাঙৈতুনা, হাঙৈশন্নতুনা। লোখোইতুনা—শম্বোং থোইতুনা। থিকথিক লাওনা—হি, হি লাওনা। ফাগিনি—ওইদবনি, নোকনবনি। চৈৱচৈৱতুনা—চৈ থাংল থাংলতুনা। লাইগীনোংদমদগী—লাইগী খুজিনদগী। অওইবমক—থাঙৈশেংনমক। হন্নাহন্না—হজিন হজিননা। কনাসু—কনাগুম্বামী অমত্তসু। খন্নৈ—নিংনৈ। মপুকতা—মপুকনিংদা। হাংলমলগা—হাত্তোকলমলগা। মঙকশম—ঙকশম, ঙক। থুদেক্তুনা—লৈথক্তুনা। লানবনো—অৱানবনো, চুমদবনো।

ৱাহং—মীনম্বা ৱা হাঙ্গৈবসি অফবরা ?

খুম্বা—মীনম্বা ৱা হাঙ্গৈবসি য়ামনা ফত্তে। মীনমতুনা অমুক অনিরক নত্রগা অহুম মরিরক ফাত্তবা নাম্নোকপা য়াই ; মীনমই হাঙ্গৈবা অমক্তং থংথ্রবদি, মতুং অতুদা মাবু মীনা অমুক থাজবা হোনদ্রে। মাবু কনানসু নুংশিবিদ্রে ।

ৱাহং—হরিহর কৌবা অঙাং অতুগী মরমচৎ করম তৌবগে ?

খুম্বা—হরিহর কৌবা লাইরিক তম্বা অঙাং অমনা, ইমানারে হাঙ্গৈতুনা মরক মরকতা ওঝাদগী ছুটী লৌরগা হেক হেক চৎলি। নোংমগী নুমিৎতা ওঝানা মাগী নীনম্বা অতু ফারতুনা, মতুংদদি অমুক ছুটী পিবিদ্রে। মাগী মরমচৎ অতু য়ামনা ফত্তবনি।

ৱাহং—কৃষ্ণদাস কৌবা শঞ্জেন্নহা অতুগী মরমদা থংবা মথৌ হাইয়ু।

খুম্বা—কৃষ্ণদাস কৌবা অঙাং অমনা যল শেনবা মতমদা মীনমতুনা "ঐগী যল্লুপতা কৈ চংলতুনা যল ময়াম হাংলে, নথোইনা লাক্কুনা কনবিররো" হাঙ্গৈতুনা কোইলাও লাওবা তারতুনা, মনাকতগী লৌউবশিং থরা চেল্লক্কুনা য়েংবদদি কৈ লৈরমদ্রে। মথোইনা মাবু চৈর চৈরতুনা হনথি। অসুমনা মহাকনা মরক মরকতা কুম্মৈ তৌই।

নোংমদি অওইবমক মাগী যল্লুপতা কৈ চংলকলে। অঙাং অতুনা মমাংঙৈগী মতৌগুমনা, ইচিন ইনাওশা ! নথোই কদাই কদাইদা লৈবগে ? থুনা লাকলো ঐগী যল্লুপতা কৈ লাকলে হাঙ্গৈনা য়ামনা লাওজে। মনাকতা লৈরম্বা মীয়াম অতুনা মীনম্বনি হাঙ্গৈতুনা কনাসু লাকপিদ্রে। অতুদা কৈ অতুনা খুদোং চাবা ফংলতুনা, মাগী যল্লুপকী যল ময়াম অতু হাংলগা, শঞ্জেন্নহা মীনম্বা ঙাংবা অঙাং অতুগী মঙকশম অতু থুদেক্কুনা হাত্তোকলে। মরমসিনা মীনম্বা হাঙ্গৈবসি য়ামনা ফত্তে।

পাওতাক—মীনম্বা হাঙ্গৈবসি থোইদোকপা মরানগী মশকনি, হাঙ্গৈবা পারা অসি তমলগা করি পাওতাক ফংবগে।

খুম্বা—মীনম্বা বা ঙাংলবদি কনানসু থাজবিদে ; মাদুদা থবাই মাংবসু য়াই। মরম অসিনা মীনম্বা বা ঙাংবা হৌনদে হাঙৈবা পাওতাক অসি ফংই ।

---

# হুয়ানবা ।

অর্থ ঃ—হুয়ানবা—মপু তাক্তুনা মীগী মপোৎ লোন্না লৌবা। অঙৌবা কুচু ঙৌবা। পাথং—চহি মথোন কারকপা নিপা। য়োহিলং থাংদুনা—য়োহিলং ফলাং চন্দুনা, দণ্ডি ফংদুনা ফাদোক তারিবা মীশিংগী মগোংদা থাংবা য়োৎনা শাবা লিকলৌ কোলহৌ। থোল্লিবা—হাপচল্লিবা। থামজিন্দে—থামদে, থিংদে। খুদোং চাবা—থত্তা চাবা, অহাংবা। নুমদাং রাইদা—নুমিৎ তারমদাইদা। মনিমুক্তা—মমল য়াম্বা নুং অশংবা, অমুবগী জাৎ অয়াম্বা। তাঞ্জা ফংলদুনা—খুদোং চাবা ফংলদুনা। ঘড়ী—পুংজা থংননবা যন্ত্র। অপংবা—লৌশিং লৈত্রবা। হত্তুনা—থোক্তুনা, ইদুনা। হাংদোক্তুনা—মথুম হাংদোক্তুনা। য়েংহল্লে—উহল্লে। অদুমক্তদা—অদুম ওইনমক। লোইশংদা—বিচার শংদা। রায়েল্লিবা—বিচার তৌরিবা। অঙম্বাশিংনা—রায়েল্লিবা বিচারপতি শিংনা। শিংথানরমগদবনি—মশিং থানরমগদবনি, মমিং চৎলমগদবনি। দোশা—অরাবা, খুদোংথিবা। হঙ্গোইবা—তুক্কচবা।

বাহং—ঘড়ী হুয়ানবা নিপা অহু কনানো, মানা হুয়ানবা হৌথিবা করি মরমননো ?

খুম্বা—ঘড়ী হুয়ানবা নিপা অদুদি স্কুল মচা অমনি। মানা অহানবা হুয়ানবা হৌরকপদা মমা মপানা থংন থংনমক থাম্বিদবা মরমনা, মতুংদা হুয়ানবা অচৌবা অমা ওইখ্রিবনি ।

ৱাহং—ঘড়ী হুরানবা নিপা অতুনা, তুকানদগী ঘড়ী অমা হুরাল্লুবদা মতৌ করমনা মাবু ফাখিবগে, অমসুং দণ্ডি ফংখিবগে ?

খুম্বা—ঘড়ী হুরানবা নিপা অতুনা নোংমগী নুমিত্তা, মনিমুক্তা য়োনবা তুকান অমদা থুংলুবদা, তুকানগী অফ অফবা পোৎ অয়াম্বা উরে অমসুং ঘড়ী অমা হুনিংলে। মানা অহাংবা ফংলতুনা সনাগী ঘড়ী অমা হুরাল্লগা, মপানদা থোকখিবা মক্তদা, তুকানদার অতুনা মাবু ফারে। কনাগী অমসুং কদাইদগী ঘড়ীনো হাঙ্গনা হংবদা, মানা ঐগী ঘড়ীনি, অতোপ্পা তুকান অমদগী লৈরকপনি অসিনচিংবা মীনম্বা ৱা ঙাংতুনা শেরান তুরান লোনবা হৌরকলে। ঘড়ী অদু হাংদোক্তুনা য়েংবদা তুকান্দার অদুগী মমিং অদু ইতুনা লৈরমলে। মাতুদা নিপা অদুবু ঘড়ী হুরানবা অশেংবনি হাঙ্গিতুনা ৱায়েল্লিবা শিংনা বিচার তৌতুনা ফাদোক থম্বগী দণ্ডি অসি ফংখিবনি।

পাওতাক—হুরানবগী পারা অসি তম্বনা করি পাওতাক ফংবগে ?

খুম্বা—হুরানবগী পারা অসি তমলগা, মীগী মপোৎ হুরাল্লবদা, হুরানবা অদু ফারবদি অকনবা দণ্ডি ফংই হাঙ্গবা পাওতাক অসি ফংই।

---

# থা য়ামনা চাওই।

অর্থঃ—নুংশা শাদ্রে—নুংমিৎকী মৈশা মণ্ডাল লৈত্রে। গঙ্গা মপানদা—গঙ্গা কৌবা তুরেনগী তোর্বানদা। ঙাইহক্তং—মতম খজিক্তং। পূর্ণিমা—থানা মপুং ফাবা। উরোই—উবা ফংলোই। পুথমগুম্বনি—চাক চাননবা পাত্রগুম্বনি। নকশিল্লকলে—নকনা চংশিল্লকলে। লাপনা—থাপনা। চত্রি—চথোকত্রি। ছাতিন—পে।

ৱাহং—থা হাঙ্গবদু কদাইবু কৌবগে ?

থুম্বা—নুমিৎনা ত'খিবগা, নোংপোক থংবা আতিয়াদা চৌরোক ঙৌনা থোক্তুনা ঙালহনবা অদুবু থা কৌই।

ব্রাহং—থা হাঙ্গৈবসি কয়া চাওবগে ?

থুম্বা—থাদি য়ামনা চাওই। আতিয়াদা থাপনা লৈখিবা মরমনা, পুথম মুক্তা চাওনা উরিবনি।

ব্রাহং—পূর্নিমাগী থা হাঙ্গৈবদু কদাইবু কৌবগে ?

থুম্বা—থাশি নুমিৎকী মতুং নোংম পানবদগী হৌনা থানা অসুম অসুম চাওথৎলক্তুনা নুমিৎ তরামঙানিদা মপুংফাই। অসুম তৌনা মপুং ফাবা থা অদুবু পূর্ণিমাগী থা কৌই।

ব্রাহং—থা থোকলবদি অহিং করম তৌবগে ?

থুম্বা—থা থোকলব'দ, অহিং অদ্র ইঙাল ঙাল্লি।

---

# মকুনা অহিংদা কোইপাই পাই।

**অর্থ:**—অঙাং মচানা—অঙাং অপিশকনা। কপ্পাগুমনা—কপ্পগী মতৌগুমনা। মখোল—খোঞ্জেল। মকু—অহিংদা চাকতাবা উচেক মথল অমা। মশা কল্লে—উচেককী মশা ফন্দোকলে। থুপচিনদুনা—থুপ্তুনা, কোনশিনদুনা। তুমই—মমিৎ উইশিনদুনা তুমই। পং কোই কোই—পং চৎ চৎলি। তুহত্তুনা—চিকথত্তুনা। অমম্বদা—অঙানবা লৈত্রবা মফমদা। নিংথমলে—ইংলে। উথুং অহোবদা—উগী অহোবা মথুনদা। চ্যেকপল—চ্যেককী লৈপল। অকাইবগী—লৈক্রককী। মাংদে—মাংহন্দে, ময়েং তাহন্দে।

ব্রাহং—মকু হাঙ্গৈবসি করম্বা জীবনো ?

খুম্বা—মকু হাঙ্গৈবসিদি অহিংদা চাকতাবা উচেক মথল অমনি।

রাহং—উচেকশিংনা করমনা পাইবগে ?

খুম্বা—উচেকশিংদি মথোইগী মশা অনিচু ফন্দোকলগা, নুংশিৎতা অরুম্বা পিচুনা মশাচু খপ্তুনা কোইপাই পাই।

রাহং—উচেক অতৈ অতৈনা মকুবু উরগা করম তৌবগে ?

খুম্বা—উচেক অতৈ অতৈনা মকুবু উরগা তুহংলি।

রাহং—মকুনা নুংথিলদা পাইথোক্তবা করি মরমননো ?

খুম্বা—মকুদি নুমিৎকী মৈশা, মঙাল অচু মথোইগী মমিৎনা খাংবা ঙমদে, অচুনা নুংথিলদা মপাল থোকত্রিবনি। নুংথিলদা তুমদুনা লৈ, অহিংদা চাক্তাবা চৎলি।

রাহং—মকুনা মীওইবগী করি কান্নবগে ?

খুম্বা—মকুনা মীওইবগী য়ামনা কান্নে। মথোইনা উচি ফাগুনা চায়, অচুনা মী ওইবগী ফো চেং মাংদে।

---

# হঙোইদি নিংথমথা চুপ্পা তুমদুনা লৈ।

অর্থঃ—হঙোই—ঈশিংদসু কংফালদসু লৈবা জীব মথল অমা। য়োকমলই—থাকলমই, লোইরমই। লৈকুৎকোম্নুৎতা—অকুৎ অরাকতা। তুমিন্না—নিন্দনা। কান্দদি—মতমদদি। খোংদোল মচা—খোংগী মচা খোংগী মচা মঙামক। রুনশানা—শউন্না। তাইশিল্লি—শমন্নে। লেংলাক্তে—লেং ওৎপা তৌদে। তুম্বা কাইদে—মিকপ থোক্তে। লাকলবদা—ওইরকলবদা। বসন্তগী—বসন্ত ঋতুগী, ফাইরেন, লমদা থাগী। শাগৎলকলবদা—শারকলবদা। থোপ, থোপ—ফন্, ফন। পোথাইচুনা

—ককথাইত্রনা, কাইত্রনা। ঙাচক—হঙোই মচা। থাঙ্গৈশেংবা—ইশেং শেংবা। কংফালদা—লৈকংদা। নারক শিংলকতা—বোন, জঙ্গলদা।

ব্রাহং—হঙোই খোংবনা করি থংনবগে ?

খুম্বা—হঙোই খোংলবদি থুনমক নোং তাগনি থংনৈ।

ব্রাহং—হঙোই হাঙ্গৈবসি কদাইদা মতৌ করমনা লৈবগে ?

খুম্বা—হঙোই হাঙ্গৈবসিদি ঈশিংদসু কংফালদসু লৈ। মথোইদি মকুগুমনা নুংথিলগী মতমদা, অমমবদা লৈকুৎ কোঙ্গুত্তা লৈ, অহিংদনা মপানদা থোকই। অদুগা নোংচুবা মতমদদি নুংথিলদসু মপানদা থোকই।

ব্রাহং—নিংথম থাদা হঙোইশিংদি কদাইদা মতৌ করমনা লৈবগে ?

খুম্বা—হঙোইদি নিংথম থাদা ইংমন্দুনা, থা অষ্টম মরি চুপনা লৈকুৎ কোঙ্গুত্তা লৈত্রনা করি অমতা চাদে, তুমিননা লৈ, মীনা চৈনা থিল্লবসু থক তাদে, অদুগা করিসু চাদে।

ব্রাহং—করম্বা মতমদা হঙোইনা মরুম থুৎগে ?

খুম্বা—বসন্তগী মতমদা হঙোইনা মরুম থুই। মরুম অদু থা অমাম-থাইরোম শুরগা মনৈ পাল্লকই, ককোক তুম্বক তুমলকই, মতুংগী মথোং পাল্লকই, থা অনি শুরবদি মাং থংবা মথোং অনিসু পাল্লকই। পিকলিঙৈদদি মথোইবু ঙাচক কৌই।

---

# ককচেং অমসুং হয়িংখোইনা অতনবা লৈতে।

অর্থ :—ককচেং—তিল মখল অমা। হয়িংখোই—খোই অপিকপা মখল অমা। তন্দুনা—শুনিংদত্রনা। লীচিং অমতাওইত্রনা—পুকচেল

খোইজেল তিন্ননা। পোথাদে—থবক শুদবা তোদে। মহুমদা—মকোনদা। পৈশিন্দুনা—পৈথত্তুনা। লেমনা—তুমিননা। লৈহি—লৈগী অথুম্বা মহি। ঙকনবগী—অঙকপগী। য়াচংবা—মুমিৎ তাবা। হোন্দুনা—পুহুনা, পুশিন্দুনা।

ৱাহং—হয়িংখোই অমসুং ককচেং হাঙ্গৈবসি করম্বা জীবনো ?

খুম্বা—হয়িংখোই অমসুং ককচেং হাঙ্গৈবসিদি পিকখ্রবা জীব মথল অমনি। মখোইদি মতম লৈবা খিবিকতা নোমহুনতা লৈ। তন্দুনা অরেম্বদা মতম থক মাংহন্দে। করিগুম্বা মফম অমদা মখোইগী মচিঞ্জাক লৈবা উরবদি, মাহ্নু ময়াম তিন্নহুনা মহুমদা পুহুনা চৎলি।

পাওতাক—হয়িংখোই অমসুং ককচেংগী পারা তমলগা, করি পাওতাক ফংবগে ?

খুম্বা—হয়িংখোই অমসুং ককচেংগী পারা তমলগা, তন্দুনা অরেম্বদা মতম মাংহনবা হৌনদে হাঙ্গৈবা পাওতাক অসি ফংই।

---

# হুই য়ামনা মপুনিংই।

অর্থ :—হুই—য়ুমশা মথল অমা। মরমচং—লমচং। পাওতাক—পাওমেন। তমনিংঙাই—তম্বা য়াবা। লোইরমই—য়োকলমই। ইতত্তুনা—মতম পূমনমকতা। চেকশিন্না—নিংথিনা, লুনা। শংনবা—য়েংনবা, ঙাকনবা। ফমহুনা—কুন্দুনা। গাড়ীৱালা—গাড়ীথৌবা মী। চখোকসন্নু—চৎখ্রসন্নু। লেংথোক্কে—চথোক্কে। শাজৈনা—শা ফুনবা চৈনা। কোন্দুনা—পাইহুনা, কোনশিন্দুনা। পনবা—লেপ্পা, ঙাইবা। মথকমক্তা—মথকলোমদা। থৌখ্রে—থৌহুনা চৎখ্রে। কাংথোংনা—চাকানা। তক্কুনা—তথাইহুনা। থাদোক্কুনা—হুঞ্জেক্কুনা।

ৱাহং—হুই হাঙ্গৈবসি করম্বা জীবনো ?

খুম্বা—হুই হাঙ্গৈবসিদি, তাইবংমীগী য়ুমদা লৈবা অমসুং মপুবু য়ামনা লুনা নিংবা শা মথল অমনি।

ৱাহং—হুইনা মপুবু কয়া লুনা নিংবগে ? মাদুগী খুদম অমা পিদুনা তাকউ ?

খুম্বা—হুইনা মপুবু লুনা নিংবগী খুদমদি, মতম অমদা কনাগুম্বা নিপা অমনা লম্বি ময়াদা মাগী মপোং ময়োম অমা থনমলগা, মাদু মাগী হুই অমবু শংহল্লি। মতম অদুদা লম্বি অদোমদা যলগাড়ী অমা লাক্কুনা থুংলৈ। গাড়ী থৌরিবা মী অদুনা হুই অদু চথোকসনু হাঙ্গৈদুনা মখুত্তা পাইরিবা শাজৈ অদুনা য়ামনা ক্রে। অদুমক্কদা হুইদুনা মবুঙোগী পোং অদু থাদোক্কুনা চথোকত্রে। গাড়ীৱালা অদুনা মাগী গাড়ী অদু হুই অদুগী মথকতা থৌদুনা চংখ্রে। গাড়ীগী চাকানা তক্কুনা হুই অদু মথৱাই থাগ্রে। মানা শিরমদাই ফাওবা মবুঙোগী পোং অদু কোন্নদুনা শিখি।

পাওতাক—হুইনা মপু নিংবগী পারা তমলগা করি পাওতাক ফংবগে ?

খুম্বা—মপুবু লুনা নিংবা গৌনৈ হাঙ্গৈবা পাওতাক অসি ফংই।

---

# ৱাইন্নুনা য়ামনা চেকশিন্না মচা য়োক থাকই।

অর্থ:—ৱাইন্নুনা—উচেক অচোবা জাৎ অমনা। মরূপশা—লোইনবশা, তিন্নরিবা মপাংশা। নোল্লুকপনা—হন্থনা চৎ-পনা। মতিকওই—মতিক চাই। য়োক থাকলিবা—পিজ পিথকলিবা। থাদোক্কে—হুন্দোক্কে। মহুমদগী—মকোনদগী। পাইবা—আতিয়াদা মশানা থগ্‌না চৎপা।

চপ্তুনা—চপশিন্দুনা, কোনশিন্দুনা। পাংপানদা—পাংকী মপানদা। নাকওই-নাকওইনা—মনাকমনাক্তা। হংঙোই শেমপাক—অচোবা হংঙোই জাৎ অমা। ডেল্টা—সহর অমগী মমিং। চেনগদবগী—পাইথোক্কদবগী। মহৈ য়ানখিদ্রে—থবক পাংবা ঙমখিদ্রে। পিক্তুনা—পিকপা মরমনা। হুন্দোক্তুনা—থাদোক্তুনা। পাম্বৈ—পোথি, উপায়। কুপশিন্দুনা—খুমজিন্দুনা, কুপ্তুনা। কুন্দুনা—হিপথতুনা। উংওইখ্রে—চাক্তুনা তুমখ্রে। কাওদে—নিংশিংদবা তৌদে। রাইনু লাবা—রাইনু নিপা। অমোমনা—নুপীনা। হনুরকলবা—অহল ওইরকলবা। ঙমলত্রকবা—শোল্লকলবা। লাংবি—থৌরাং তৌবি। অরাবা থোক্তনবা—অরাবা তাদনবা। মনমগনদা—মনমদা. নমগনদা। পোতুনা—থোঙ্গত্তুনা, হাপ্তুনা। মথৌনি—থবকনি। চান্নফম—নুংশিনফম। থাগৎনফম—শোন্নফম।

রাহং—রাইনু হাঙ্গৈবসি করম্বা উচেক জাৎনো ?

খুম্বা- রাইনু হাঙ্গৈবসিদি লবুকতা, পাৎতা, থরোই ঙানচিংবা ফাতুনা চাবা মথোং শাংবা অচোবা উচেক জাৎ অমনি।

রাহং—রাইনুনা কদাইদা মতৌ করমনা মহুম শাবগে ?

খুম্বা—রাইনুদি উথকতা নত্রগা নাপি মথকতা উনাশিংনা চেনশিন্দুনা, মাতুনা নিংথিনা মকোল শাই।

রাহং—রাইনুনা মচাশিং অদু চাওদ্রিঙৈদা করমনা য়োকথাকপগে ?

খুম্বা—রাইনুনা মচাশিং অদু চাওদ্রিঙৈদা ঙাইহাক্তসু থাদোক্তুনা চত্তে। মচাশিং অদুনা পাইতুনা চৎপা ঙমদ্রিবা ফাওবা মফম অমদা চৎপামতদা মশানা চপশিন্দুনা পুই। অদুগা মচাশিং অদুনা মচিঙ্গাক নিংথিনা থিতুনা চাবা ঙমদ্রিবা ফাওবা, পাৎ ময়াদা অমসুং লোকনচিংবা মফমদা পুখ্রগা, হংঙোই অপিক অপিকপা ফাহন্দুনা চাহল্লি। হংঙোই অচোবা চারবদি রাগনি হাঙ্গৈতুনা থক পিজদে।

ব্রাহং—ডেল্ট সহর হাঙ্গীবত্ন মৈনা চাকথিবা মতমদা ব্রাইনু অমোম অমনা মচাশিং কন্ননবা, করমনা তৌথিবগে ?

থুম্বা—ডেল্ট হাঙ্গীনা কোবা সহর অত্ন মৈনা চাকপা মতমদা, ব্রাইনু অমোম অমনা মচাশিং অত্ন কন্ননবগীদমক য়ামনা কন্না হোৎনৈ। তৌইগুম্বস্নুং মচাশিং অত্নুনা পিকমন্দনা পাইবা ঙমদবা মঃমনা, ব্রাইনু অমোম অত্নুসু মচাশিং অত্নবু হুঞ্জেক্কনা পাইবা ঙমথিদ্রে। মশানা মচাশিং অত্নবু কুপশিন্দুনা তৌনিংঙাই গতি লৈত্রত্নুনা মমা মচা মথোই অত্ন তিন্নত্নুনা শিথি।

ব্রাহং—ব্রাইনুগী মরমচং করমনা তৌবগে।

থুম্বা—ব্রাইনুগী মরমচত্তি য়ামনা ফজে। মমামপানা মচা শিং অত্ন চাওদ্রিবা ফাওবা য়ামনা লুনা নিংথিনা য়োক থাকপি। মমা মপানা অহল ওইরত্নুনা কোইপাই পাইত্নুনা মচিঙ্গাক থিবা ঙমলকত্রবা মতমদা, মচাশিংনা মনমগনদা হাপ্তুনা পুরগা মচিঙ্গাক পিজে। ঙাইহাক্তসু অশোনবা মমা মপাবু থাদোক্কুনা চত্তে।

পাওতাক—ব্রাইনুগী পারা তমলগা করি পাওতাক ফংবগে ?

থুম্বা—ব্রাইনুগী পারা তমলগা মমা মপাবু লুনা ভক্তি অমসুং সেবা তৌবা হৌনৈ হাঙ্গীবা পাওতাকসি ফংই।

---

# নোংশা।

অর্থঃ—নোংশা শাশিংগী নিংথৌ। পোকনফমনি—পোকপা মফমনি। মপুকনানিংবা—পুকনিংনা পাম্বা। থাদোক্তে—হুন্দোক্তে। মঙকশমদা—ঙকশমদা। শাংল শাংলবা—অশাং অশাংবা। মোংশোং—নারক। কাংথংহনবা—ফন্দোকপা, পোম্থোকপা। তকুপ তকুপই—পিশক পিশক

পিকই। লংই—মচু লংই, পাল্লি। ঙৌরুনৈ হাইরপ ঙৌই। অথোই অথোইবা—অকোন অকোনবা। ৱাংই—চাওই। অমোমদি—মুপীদি। মশোং—মতু, মশম। পান্দে—হৌদে। লোককী—চীংদগী চেল্লকপা তুরেল মচাগী। হাপুং—চরোংকী পান্দোং মচা মচা। চোংশিনখিদ্রনা—চোংখৎখিদ্রনা। লাকউদ্রনা—লাক্তুনা, ফাদ্রনা। লামহুনস্থ—চানিংদ্রনস্থ, মবুক লামলবস্থ। অশোনবা—পাঙ্গল শোনবা। ঙংবদি—খোংবদি। মশকনি—মতৌনি। নোংখোংবগুম—নোংখ্বাকপগুম। ময়া—মচিল। কম্মৈ—হরাওবা। লামলিঙৈদা—মবুক লামলিঙৈগী মতমদা। ৱাহল্লবদি—অৱাবা পিরবদি। থুদো থিবা য়াই—থরাই মাংবা য়াই। বিলাততা—সাহেবশিংগী লৈবাকতা। ইতৎতত্তনা—মতম পূমনমকতা। লাকনৈ—ৱাহল্লি, অৱাবা পি। অয়ুকঙন্তা—নোং ঙানবা মতমদা। কাংথল—কাংচিক্তনবা থল্লিবা ফি। হাইদোক্তুনা—হাইগত্তুনা। মথবাকতা—থবাকতা। গর্ভপুরগা—মীরোল্লগা। অমুক্তদা—মতম অমত্তদা। চীংগী লোকতা—চীংদগী চেস্থরকপা তুরেল মচাদা। লোত্তুনা—থুপ্তুনা। চিংনবনা—মপুকনিংদা চিংনত্তনা। খোঙ্গুল—খোংফম, খোংগী মখুল। মুথত্তুনা—মুৎহন্দুনা। হাতমফাই—চহি মথোক কারকই। রোম—সহর অমগী মমিং। হাৎলুরো—থরাই মাংহল্লুরো। নিউমিডিয়া—দেশ অমগী মমিং। ইমক মকনা—মকশিন্দুনা, কাহত্তুনা। লেকলকলে—মরৈনা লেকপা হৌরকলে। তিংখং—তুম। নাই—ঈ অপুম্বা। থল্লি—ৱাখল তৌই। অসিমককী—অসিগী মমকতা। শদোকপিরে—হন্দোকপিরে, লৌথোকপিরে। মরৈবাকতা—মানা লৈবা লৈবাকতা। শাতানবা—শাহাৎপা, শাফাবা। হুঙ্গিল্লু—লংশিল্লু। দণ্ডি—মরানফংবা। লোৎলুদ্রনা—থুপলুদ্রনা। লাইবক ফবা মরমনা—মরাইবক ফবনা। ময়াদা—মচিনদা। মাবু—নিপা অদুবু। মতমগুমনা—মতৌগুমনা। ওনথোইক্লরে

—থরো থারো ওল্লে। লিরে—হাঙ্গৈরে। ঙকনখ্রে—অঙকপা ফংখ্রে। পূমনমকতা—ঙমনমকতা। থৌদো—থবক মতা। ঙাকপিরে--কনবিরে, তোকপিরে।

ব্রাহং—নোংশা হাঙ্গৈবসি করম্বা শানো, অমম্বুং মীনা মাবু শাগী নিংথৌনি হাঙ্গৈনরিবা করিননো ?

খুম্বা—নোংশা হাঙ্গৈবসি মথোং মরি অমস্নুং মমৈ পানবা য়ামনা কনবা শা মথল অমনি। তোবাঙম্বা, মথৌনাফবা অমস্নুং অকিবা লৈতে অমস্নুং অতৈ অতৈ শা পূমনমকত্তগীসু কনবা হেক্লি হাঙ্গৈদুনা মীনা মাবু শাগী নিংথৌনি হাঙ্গৈনরিবনি।

ব্রাহং--নোংশাগী মশোং কবম তৌবগে ; অমস্নুং মথোই অসি কদাইদা নমনা লৈবগে ?

খুম্বা—নোংশাগী মঙকশমদা, অথোই অথোইবা, শাংল শাংলবা, কুপনা লংলবা মশোং পাল্লি। মশোং অদু মথোইনা কাংখৎহনবসু ঙমই। অদুগা মথোই অসিদি ওল্লাংবা লৈপাকতা নমনা লৈ।

ব্রাহং—নোংশা হাঙ্গৈবসি কয়া চাও শাংবগে ?

খুম্বা—নোংশাদি খুদুপ মঙা তরুক শাংই, অদুগা খুদুপ অহুমলোম ম্বাংই।

ব্রাহং—নোংশানা অমুক্তদা মচা কয়া কয়া পোকপগে ; অদুগা মচাশিং অদু মতৌকরমনা থম্বগে ?

খুম্বা—নোংশাদি অমুক্তদা মচা অহুম মরি পোকই। অদুগা মচাশিং অদু চীংগী লোকতা লোত্তুনা থমই।

ব্রাহং—নোংশানা চাবগী মতমদা, মতৌ করমনা শা লাকপগে ?

খুম্বা—নোংশানা চাবগী মতমদা, তুরেল অমসু লোককী মমুংদা অদুগা হাপুং মরকতা তুম্মিন্না ফমদুনা লৈ। করিগুম্বা জীব অমনা ঈশিং থক্কে

ছাঙ্গৎনা লাকলবদি, মানা খুদক অতমক্তদা, খুতুপ তরা তরা'নিথোই লাপ্পদগী চোংশিন্দুনা শা অছুগী মঙকশমদা তারুই। অমুক্তং চোংবদা শা অদুগী মথকতা তারুবা ঙমদ্রবদি, অমুক হন্না মাবু ফাদে। য়ামনা লামলবসু অপিকপা অমসুং অশোনবা জীববু হাৎপা হৌনদে।

ব্রাহং—নোংশা হাঙ্গবসি য়োকপা য়াত্রা ?

খুম্বা—নোংশাদি য়ামনা নিংথিনা য়োকপা য়াই। অয়োকপা মী অদুনা য়ৈ—চৈবা তৌরবসু, নোংশানা মাদু থাংদুনা লৈ। নোংশাগী ময়াদা অয়োকপা মী অদুনা মখুৎ থিংজন্দুনা মরৈ চিংথোকলগা শান্নরবসু করিমতা শাওদে। মানা লামলিঙৈগী মতমদা লংনরবদি, অয়োকপা মী অদুমকছু অরাবা তাবা য়াই।

ব্রাহং—নোংশাগী মচাশিং অদু চহি কয়া শুরগা হাতম ফাবগে ?

খুম্বা—নোংশাগী মচাদি চহি তরুক শুরগা হাতম ফাই।

ব্রাহং—নোংশাগী কান্নবা তৌরবদি, মানা মাদু থক কাওদে হাঙ্গবগী খুদম অমা পিয়ু।

খুম্বা—মতম অমদা মোম হাঙ্গবা সহর অদুগী অচৌবা ফমনাইবা অমনা, করিগুম্বা মরাল অমদগী মনাই অমবু হাৎলুরো হাঙ্গনা য়াথং পিথোকই। মনাই অদু চেনখিদুনা নিউমিডিয়া কৌবা লৈবাক অদুগী চীং অমগী লোকতা লোত্তুনা লৈরিঙৈদা নোংমগী নুমিৎতা মফম অছুদা নোংশা অমা লাকলে। মনাই নিপা অদুনা কিবনা য়ামনা ব্রানা লৈরিঙৈগী মতম অদুদা, নোংশা অদু নিপা অদুগী মনাকতা চংশিল্লক্তুনা, নোংশাগী মখোং নামা অমা নিপা অদুগী খুকউ মথকতা থাঙ্গত্তুনা লেকপা হৌরকলে। নিপা অদুনা নোংশাগী মখোংদা তিংথং অমা য়ুরদুনা অনাবা মফম অদুদগী ঈ, নাই থোকপা উরে, অমসুং মাগী মখোংদা য়ুরিবা তিংথং অদু হনবিনবগী দমকতা লাকলিবনি হাঙ্গবা নিপাদুনা থংলদুনা নোংশাগী তিংথং অদু হন্দোকপিরে,

নোংশাদুস্থু মথোংদা নারম্বা অদু ফরে। অদুগী মুমিৎতগী হৌদুনা নোংশা অদুনা নিপা অদুগী দমকতা হাঙ্গইদুনা মুমিৎ খুদিংগী শা অমমম হাত্তুনা পুবিরকই। মতৌ অসুমনা মথোংই অনি য়াম্না চাম্না মতম খর লেল্লে। মতুংদা মী লৈতবা বোন অদুদা মথনতা লৈবা মুণ্ডাইরক্তুদুনা নিপা অদুনা মরৈবাকতা হল্লক্কুনা লৈরবে।

লাইগী নোংদমদগী রোম লৈপাককী অচোবা ফমনাইবা নিপা অদুস্থু নিউমিডিয়া লৈপাকতা শাতানবা চৎলুবদা নোংশা খর ফারকই। মানা ফারকইবা নোংশা ময়াম অদুগী মরকতা, চেল্লুবা নিপা অদুনা মথোংদগী তিংখং শক্তোকপিখিবা নোংশাদুস্থু য়াওবকই। মনাই নিপা অদুনা মরৈবাকতা হল্লকই হাঙ্গবা তারদুনা মাবু ফারে অমস্থুং ফারকইবা নোংশা ময়াম অদুদা হুঞ্জিন্দুনা পিজথোকউ হাঙ্গনা য়াথং পিথোকলে।

মনাই নিপা অদুগী মরাইবক ফবা মরমনা, মানা নিউমিডিয়া লৈপাকতা লোত্তুনা লৈরিঙৈদা, মথোংদগী তিংখং শৎপিরুবা নোংশা অদুগী মমাংদা হুঞ্জিল্লুরে। নোংশা অদুনা মমাংঙৈদা উপকার তৌবিখিবা নিপাদুনি হাঙ্গবা খংলদুনা, মাগী মপোং ময়াদা কুপ্লদুনা, নিপা অদুগী মশা লেকপা হৌরকলে অমস্থুং মমৈদু লৈপাকতা তপ, তপ ফুবা হৌরকলে থোদোক অদু উরদুনা মী পূমনমক ইঙক ঙকনরে। অদুদগী মনাই নিপা অদুনা নিউমিডিয়া লৈপাকতা লোত্তুনা লৈরিঙৈদা তৌরকপা থবক পূমনমক মথং শিংনা লিরে অমস্থুং মাগী মরান পূমনমক কোকপিখি।

---

# শামু।

**অর্থ** ঃ—শামু— মথোং মরি পানবা শা পূমনমকতগী হেন্না চাওবা শা মথল অমনি। ভারতবর্ষ—ঐখোইনা লৈরিবা লৈপাক অসিগী মমিং।

( থাইনা মমাংঙৈদা ভরত হাঙ্গৈনা কৌবা নিংথৌ অমনা লৈপাক অসিদা পাল্লমই হাঙ্গৈদুনা, মাগী মমিংদগী লৌদুনা লৈপাক অসিগী মমিং ভারতবর্ষ কৌখিবনি )। আফ্রিকা—মহাদেশ অমগী মমিং। পোকনফমনি—পোকপা মফমনি। মরুল—শউল, রুনশা। নমই—য়ামই। অৱা লৈপাক্তদি—কবো লৈপাক্তদি, ব্রহ্মদেশতদি। মরূ লুকপা—মকোক লুকথবা। লৌথংলি—পুথংলি। মনিংতমনা—নিংবামতুং ইন্না। হাইবা হুম্বা—নাক অনিদা হাইদোকলাগোকপা। লাম্বা—লৌবা। লৈগী মপালদগী—লৈ পাম্বিদগী। পোরোল—থোং লোন্নবা চৈ। থৌরিগী কিশি—থৌরিনাকিশি কিবা। থোকপা—লৌথোকপা। নুংশা হোল্লি—নুংশা শোর হোন্দোকহোঙ্গিন তৌই। চাইথোক্তুনা—চাইশিন্দুনা। ইংহল্লি—শাহন্দে। শগুপ শাইদে—মোংথ্রবা পোং অমুক মন্নারোমদা পুথোক্তুনা শাইদে। শল্লুপ—কাংলুপ, মন্নাম। মাংতুংদা—মতুংদা, মমাংদা। থিন্দোকই—থিনগংলি, থোরকই। ফাওরেন লেংই—ফাওনা লেংই। চৌবর নচিংবা—শান্নবদা শিজিন্নবা পোং মথল অমনচিংবা। মাং কোককুম্বা—ফৌ চং খৈনবা মাংকোক মানবা। মাহুতনা—শামু শেনবনা। ঈরোইবা—ঈশিংদা ঈরোইবা। চুপথোকলগা—চুপশিল্লগা। অয়োকপা—মীনা য়ুমদা য়োকথাকপা। পুনশি—কুইনা হিংই। তাইপোং—শামুগীমনমদা হাপ্পা মী ফমননবা খুদা। ঝামাত—ঝঞ্জ তৌবা, কেথোক মোথোকপা। লালশোকনৈ—লালথেংনৈ। তোপ—লালদা শিজিন্নবা মৈগী খুৎলাই। তোৰ্ব্বনদা—তুরেল মপানদা। লৈঙোইদা—তুরেনগী লৈপাক অকেংবদা। খুদোংথিবা—চৎপদা জুগোৎচাদবা। মৈশিনথ্রবদি—পুথথ্রবদি, নমথ্রবদি, চংথ্রবদি। নমথেক্তুনা—নমথাইদুনা। লাম্মীশিংগী—লাল তৌবা মীশিংগী। হিথকতা—হিগী মথকতা। লেংদুনা—নোমদুনা, লেংহন্দুনা। ঙাকলৌ—ঙাকননবা চৈ। শিংক্ষেপ—হুই,

চেংননবা ঙৈশিল্লিবা চৈ। মতোল্লোম্বা—লোইবা। লম্মনশিংই—লম্মনশিংই, মহৈ পি। মৈহি—মৈগীহি, জাহাজ। শিজিন্নৈ—তোহল্লি। হন্দোকহঞ্জিন—হঙ্গৎহন্দা। থবক কান্নদবা—থবক পাংদবা। লুকল—শরু অকনবা। মাহুৎ—শামুশেনবা। ইরাগী—ইপু য়োইবগী। য়ুবি—চাননবা পাৎ মথল অমা। থুগাইরে—কাইহল্লে। কৈথেলরোমদা—অচা অথকনচিংবা য়োনফম অমসুং লৈফমদা। নাওশুমদা—অঙাং শুমফমদা। শায়োকশং—শা য়োকননবা শং। থিকথিক লাওনা—থেক থেক লাওনা। তাৎ—ফাগী, ওইদবা। নাকথংগী শরু—নাকনগী লু। তেকখ্রে—থুদেকখ্রে।

ব্রাহং—শামু হাঙ্গৈবসি করম্বা শানো, অমসুং কয়া চাওবগে?

খুম্বা—শামু হাঙ্গৈবসিদি মথোং মরি অমসুং মনাতোল য়ামনা শাংনা পানবা, শা পূমনমকতগী হেন্না চাওবা শা মথল অমনি। অদুগা শামু অচৌবা জাত্তি থুডুপ তরা ফাওবা ব্রাংই।

ব্রাহং—শামুগী পোকফম কদাই কদাইদনো, অমসুং মথোইগী মচু করম তোবগে?

খুম্বা—আফ্রিকা অমসুং ভারতবর্ষগী করি করিগুম্বা মফমদা শামুগী পোকনফমনি। মথোইগী মচুদি মৈথু মচু মাল্লি, অদুগা করিগুম্বদা শামু অঙৌবসু উবা ফংই।

ব্রাহং—শামুগী মনাতোননা করি করি থবক তৌবগে?

খুম্বা—শামুগী মনাতোননা অচাপোৎ লৌথত্তুনা ময়াদা হুকচিনবা ঙমই, লৈপাকতগী অনা—শিকিন চিংবা লৌথৎপসু ঙমই, থোংগী পোরোল হাংদোকপা ঙমই, অসিনচিংবা থবক অতৈসু য়ামনা ঙমই।

ব্রাহং—শামুনা ঈরোইবা মতমদা করমনা তৌবগে?

খুম্বা—শামুদি ঈরোইবা মতমদা, মশা পূমমমক ঈশিংদা লুপহল্লগা, মুংশাশোর হোন্ননবগীদমক মাগী মনাতোল অদু ম্বাংনা থাংগৎলগা ঈরোই।

ম্রাহং—শামুনা করম লৈবগে অমসুং চৎপগে ?

খুম্বা—শামুদি মতম লৈবা লিবিকতা শল্লুপ ওইনা পৈদুনা লৈ। অদুগা চৎপা মতমদনা, অশোনবা অমসুং পিকলিবা শামুশিং অদুবু ময়াইদা থমদুনা, অচৌবা অকনবা শামু অনিনা মাংদা অমসুং তুংদা চৎলি।

ম্রাহং—শামু ময়ানা করি করি শান্নবগে ?

খুম্বা—শামু ময়ানা উপু, উপুমচা, শমজেৎ, হুমাই, চোবর লিককোল-নচিংবা পোৎ পূমনমক্কসু শানৈ।

ম্রাহং—শামু হাঈবসি কম্বা য়াংবগে ?

খুম্বা—শামুদি শগোলগুমনা কন্না চেনবদি ঙমদে হাঈববু তৌইগুম্বসুং মাহুতনা কন্না থোরবদি, শামুসু মথোং অমুক অমুক থাংবদা, শগোলনা অমুক চোংবদা চৎপা অদুক চৎলি।

ম্রাহং—শামুগী মচাশিং অদু করমনা মমাগী মখোম থকপগে ?

খুম্বা—শামু মচাশিং অদু পিকলিঙৈদা মনাতোননা মমাগী মখোম অদু চপ্পুনা ময়াদা হৈজিল্লি। করি করি মতমদদি, মমানা মাগী মখোম অদু, মাগী মনাতোননা চুপথোকলগা মচাগী ময়াদা হৈজিল্লি।

ম্রাহং—শামুশিং অসি চহি কয়া পুনশিবগে ?

খুম্বা—নারকতা মনিং মথা তৌদুনা লৈবা শামুদি চহি চামগা কুম্থ্রা পুনশি। অদুগা য়ুমদা তাইবংমীনা য়োকপা শামুদি অদুক পুনশিদে।

ম্রাহং—মমাংঙৈগী নিংথৌশিংনা শামুবু করি করি থবক শিজন্নরম্বগে ?

খুম্বা—থাইনা মমাংঙৈদা নিংথৌশিংনা শামু তোংদুনা লাল থেংনৈ, লুহোং থোংদোনবদসু শামু তোংলগা ঝামাত তৌদুনা চৎনরমই, শাতানবা মতমদা শামু তোংলগা শাতান্নৈ। পথাপ অসি হৌজিকসু তৌনরি।

ব্রাহং—শামুনা করি করি থবক তৌনবগে ?

খুম্বা—শামুনা উ চিংনৈ, লম্বি শেংদোকনৈ, অচৌ অচৌবা থবক অতৈসু য়ামনা শামুনা তৌনৈ।

ব্রাহং—মাহুত অমনা শামু অমবু য়ু পিথক্কনি হাঙ্গৈরগা, য়ুদি পিথকথিদবা অদুগী ব্রারি লিয়ু।

খুম্বা—কনাগুম্বা মাহুত অমনা শামু অমবু য়ু পিথক্কনি হাঙ্গৈদুনা থবক য়ামনা শিজিন্নরগা য়ুদি পিথকথিদ্রে। থর লৈরগা শামুদুনা মাহুত অদুবু হাত্তোকলে। মাহুতকী মতু অদুনা মাগী অপিকপা মচা অনিদু পুদুনা শামুগী মথোংদা তুরুরে, অমসুং মতু অদুনা শামুদা হাঙ্গৈরকই। "হে শামু! নহাকনা ইপুরোইববু হাত্তোকপিরবনিনা ইচাশিংগা লোইননা ঐবুসু হাৎপিরো।" শামু অদুনা মথোইগী অব্রাবদু ইবদুনা মপুকনিং য়ামনা ব্রারে, অমসুং মাহুতকী মচানিপা অহল অদুবু মাগী মাহুত ওইহনগে হাঙ্গৈদুনা, মনাত্তোননা কোথত্তুনা মরেংবানদা তোংহল্লে। অদুগী নুমিত্তগী হৌদুনা মী অতৈ কনামতসু তোংহনখিদ্রে।

ব্রাহং—মাহুত অমনা শামু মকোকতা য়ুবি থুগাইদুনা চাখিবা অদুগী ব্রারি লিয়ু।

খুম্বা—মাহুত অমনা লম্বি চৎপা মতমদা য়ুবি অমা ফংলদুনা মাদু চানিংজে। মানা য়ুবি অদু শামু অদুগী মকোকতা থাদুনা। থুগাইদুনা চারে। শামু অদুনা য়ামনা নায়বসু অদুগী মুমিৎ অদুদদি করিসু তৌখিদ্রে। নোংমদি মাহুত অদুনা শামু অদু তোংদুনা কৈথেল পোৎলকতা চৎপা মতমদা, য়ুবি য়োনফমদগী য়ুবি অমা লৌখৎলগা, মাহুত অদুগী মকোকতা অমুক্তং কন্না ফুবদা, মাহুত অদু থোপ কাইদুনা শিখি।

ব্রাহং—মাহুত অমগী মতুনা নাওশুমদা মাগী মচাবু শুমদুনা, কৈথেল কাখিবা মতমদা শামুনা করম তৌখিবগে ?

থুম্বা—মাহুতগী অমা মতুনা মচাবু নাওশুমদা শুমলমলগা কৈথেল ঙাথি। অঙাং অতুনা কপলকলবা মতমদা, নাওশুমদু হাইদুনা অঙাংঅদু থেম্বি, কাং, হয়িং তোংলগা মনাক্তোন হাঙ্গৈদুনা তাম্বোকপি। মমানা কৈথেলদগী কুমলক্ত্রবা ফাওবা অঙাং অদুবু অসুমনা তৌদুনা থেম্বি।

পাওতাক—শামুগী পারা তমলগা করি পাওতাক ফংবগে?

থুম্বা—শামুগী পারা তমলগা, শামু হাঙ্গৈবসিদি য়ামনা শিংবা অমসুং মী ৫ইবগী য়ামনা কান্নবা শানি হাঙ্গৈবা থংবা ৬মই।

## কৈ।

অর্থ:—কৈ—হিংচায়াইতম্বা, শাহিংচাবা শা মথল অমা। নোংশাদি—শাগী নিংথৌদি। লামদ্রবদি—চনিংদ্রবদি। শাগী মথৈ—শা পূমনমক। হিংসা তৌবা—য়েংথিবা, কল্লকপা। মেমানবা মুচনি—হাইরপ ঙাংলৈনবা মচুনি। মুশিল মুশিল মুনা—য়ামনা শুকনা মুনা, মুশুক মুশুক মুনা। লাবই—ফাই, চিকই। পোনশুমদা—পোনদা, য়োৎনা শাবা শারংদা। নিতিগী—নুমিৎ খুদিংগী। থুদেক্তুনা—লৈথক্তুনা, থেক্তুনা। হিংসা তৌদবা—হাংকে নিংদবা। থিংজিন্দুনা—হাপচিনদুনা। লংথক্তুনা—থোংগক্তুনা। কৈজাওদি—অচৌবা কৈদি। লমওক—জঙ্গলদা লৈবা ওক। শজি—শঙাই। লৌনম তৌই—মীনম্বা নমথাক তৌই। তোর্বানদা—তুরেল মপানদা। মোংশোংমরকতা—চরোৎহাপুংগী মনুংদা। লোত্তুনা—থুপ্তুনা। খুল্লকতা—খুঙ্গংদা। থাংপোককী—শং মচাগী। শঙ্গোলগী—ষলশংগী। অকৌবগী—কিননবগী। পলহনবা—থাংহনবা। সুন্দরবোনদা—কলিকাতাগী মনাকতা লৈবা বোন অমগী মমিং। চা-থক্তুনা

—চাবা থকপা তৌদুনা। লাক্কদবগী—চোংশিন্নক্কদবগী। ছাতিন—পে। হাংদোক্কুনা—খন্দোক্কুনা।

ব্রাহং—কৈ হাঙৈবসি করম্বা শামো ?

খুম্বা—কৈ হাঙৈবসিদি য়ামনা হিংচায়াইতম্বা অমসুং শাহিং চাবা, অকনবা শা মথল অমনি।

ব্রাহং—কৈগী মচু করম তৌবগে ?

খুম্বা—কৈদি মেমানবা মচুনি। মশাদা মুশুক মুশুক মুমা মরি চেল্লি। য়েংবদা য়ামনা নিংথিজে। কৈগী মবুককী অমসুং মথোংগী মতুদি ভোই।

ব্রাহং—কৈনা করিগুম্বা শা অমা হাৎলগা করম তৌবগে ?

খুম্বা—কৈদি ঈ য়ামনা পামই। করিগুম্বা শা অমা হাৎলগা, অহানবদা মাগী ঈ থকই, অদুগা মতুংদা মাগী মশা চাই।

ব্রাহং— কৈ হাঙৈবসি কয়াগী মতিক কনবগে ?

খুম্বা—কৈ হাঙৈবসিদি শজিনচিংবা অচৌ অচৌবা শাবু য়য়ানা চিক্কুনা ইলাই লাইনা পুদুনা চৎলি। করি করিগুম্বা মতমদা, ষল ইরোই য়ৌনা হাৎলগা, মনঙনদা হুঙক্তুনা খোংবাননচিংবা চোংদুনা লান্দুনা চৎলি।

ব্রাহং—কৈ হাঙৈবসি কয়া চাওবগে ?

খুম্বা—অচৌবা কৈদি খুদুপ অনি অহুমলোম ব্রাংই।

ব্রাহং—কৈ হাঙৈবসি কদাইদা লৈগনবগে ?

খুম্বা—কৈদি মহৌশানা তোর্বানদা মোংশোং মরকতা থুপ্তুনা লৈগল্লি। করি করিগুম্বদসু, খুল্লকতা চখোকলক্কুনা ষল, হমেং য়াও অমসুং মীনচিংবা শাকই।

# শওম।

অর্থ:—শওম—হিংচা য়াইতস্বা চীংদা লৈবা শামখল অমা। খুবমথিবা—চৎপদা খুদোং চাদবা। মফৈগল—ফৈবাক। চকৃল চকৃল—মত্রং মত্রং, ইকন কনবা। মনাশিংই—থুনা তাগল্লি। মখোঞ্জেল লুমই—খোংলকপা খোঞ্জেল য়ামনা শুকই। য়াকই—তাবদা থাংবা ভমদে। নোইপেল্লি—মশা তিকতিক লাওই। অশুকপা—অমমবা, (মফম অসিদদি, উরানা কুংনা হোথুবা)। লোকমুংদা—চীংদগী চেল্লকপা তুবেল মচাগী মনুংদা। পিগুগুম্বা—মতুম তাবা। তুম্বক তুমই—পুল্লপ তাশল্লি। বসন্তগী—ফাইরেল, লমদাগী। ইফিংফিংনা—তহাতহানা। থাংতুপ—উহৈ মখল অমা। নুংশি হৈতবা—মীনুংশি থংদবা। চপশিল্লি—চপথাই। য়েথোক্তুনা—য়েথতুনা, থিক্তুনা। চরুখোক—লোথাওথুগা লৈহৌবা মখোক। হিক্কোক্কে—ইন্দবা তোদে। চপতিংনা—চপয়ুংনা। লাকনৈ অব্রাবা পি। উন—অম্লিংবা, য়ামনা ঙোবা পোং মখল অমা। শিংলিদি—মরিদি। তারগুমনা—তারা মরি গুমনা। য়ুথল—ফিগল। মঙালপন্দে—মঙাল চংবাঙমই।

ব্রাহং—করম করম্বা মচুগী শওম লৈরগে?

খুম্বা—উৎমানবা, অমুবা অমস্তুং অঙোবা মচুগী শওম লৈ। অমুবা উৎমানবা মচুগী শওমনা য়ামই।

ব্রাহং—শওমগী মশা করম তৌবগে?

খুম্বা—শওমগী মশাদদি কুংনা, কুংনা, অশাংবা মতু হোই। মমাদি কৌইরপ কোইনা পিশক পিকই, মমিৎস্থ য়ামনা খুই। মফৈগল চকল চকল লাওই, মশা য়ামনা কল্লি। মথোং খুদিংদা থোংশা মঙা মঙা পাল্লি।

থুমাং অনিনা থুংকী থবক পূমনমক তৌবা ঙমই। থুমাং অমমুং থুডুংদা থোর থৌরবা থুজিল পাম্লি।

ব্রাহং—নোংজুথাদা শওমনা করম তৌবগে?

থুম্বা—নোংজু থাদা শওমদি য়ামনা নোই; নিংথমথাদদি করিস্সু চাদে তুমডুনতা লৈ। মতম অসিদা মথোইগী মচা পোকই। শওম লাবনা থংলবদি মচাশিং অদু চাথোকই। মবম অসিনা লাবুু থাদোক্লুনা শুকথুবা লোকনুংদা চংথিডুনা মচা পোকই। মচাশিং অদু চাওদ্রবা ফাওবা মথোম পিথকই, অমসুং য়ামনা নুংশিনা য়োক্লপি।

ব্রাহং—শওম অমোমনা অমুক্তদা মচা কয়া পোকপগে?

থুম্বা—শওম অমোমনা থা তরুক গর্ভ পূবগা, হিয়াঙ্গৈ থাগী মমৈদা, অমুকতা মচা অনিহুম পোকই।

ব্রাহং—শওমবু শিংই হাঙ্গিনবা করিনো?

থুম্বা—শওমদি য়ামনা শিংই। মথোইনা অহিংদা লবুকতা থোকখিডুনা, ফৌ, গেহু, হরাইনচিংবা ফোইরগা, লৈপাকতা য়েথোক্লুনা মহৈ চাই; অমসুং লৈপাকতা থাডুনা তুননবগী দমক চক্কু পুডুনা চৎলি, মথোইদি খোহি চাবসু য়ামনা পামই।

ব্রাহং—শওমগী মউন্না করি করি শান্নবগে?

থুম্বা—শওমগী মউন্না, শেৎনইন্নবা ফি, লুহুপ, খোংউপ, অমসুং মীহুথোংগী মুখল শানৈ। মওককী শরুনা থাংগোল ওইনা শজিকসু ফান্নৈ।

---

# শামুগণ্ডা।

অর্থ:—শামুগণ্ডা—মবাইবক্তা মম্না হৌবা অচৌবা অমসুং অকনবা শা মথল অমা। সমক্রদা—ঈশিংইপাক্তা। লৈওন্দুনা— লৈথোমদা ওনথোইনা।

চন্দোকহঞ্জিল—হঙ্গৎহন্দা। বাঙ্গালা—বঙ্গদেশ। শ্যাম—শ্যামকৌবা লৈবাক্। জাবা—জাবাকৌবা লৈবাক। লঙ্কা—সিংহল, লঙ্কা লৈবাক। মরুন্দি—শরুন্দি। লেংফাৎপা—থিনদৎপা, থিনবাৎপা। কবাকথাংগী—লানগী থাংশাংগী। নোংমৈমরুনা—নোংমৈগী গুলিনা। য়াম্বতুনা—চোম্বতুনা। থিন্দোকলকই—মপান্দা থোরকই। চু—অথুম্বা চিনি লৌনবা পাম্বি মথল অমা। শিংই—লৌশিংলৈ। পুকনিংচংনা—থৱাইম্বাওনা। য়েকনবনা—য়েংথিবনা। থাঙ্গশেংনা—তশেংতশেংনা। নাক্তা—নাকন্দা। ইচুমচুমনা—চুমদ্রিংচুমনা, অখোইবা লৈতনা। হোৎশিল্লি—চেনশিল্লি। তকপনা—ভাথুথেংথুবনা। চুঙ্গোই—থাংহাইবদা ভাবননবা পুথমগুম্বা খুল্লাই মথল অমা। পামনা—অপাম্বগা লোইননা। শান্নে—শেমনৈ। আফ্রিকা—দেশঅমগী মমিং। শেংই—মাংদে, অশেংবনি। হু-চম্মি—হু-কাদে।

ৱাহং—শামুগগুা হাঙ্গৈবসি করম্বা শানো?

খুম্বা—শামুগগুা হাঙ্গৈবসিদি শামুদগী পিকই হাঙ্গৈববু, তৌইগুম্বসুং মপাঙ্গল অমসুং মথৌনাদি শামুনা করিসু হেন্দে। হিংসা তৌবা জীব নত্তে, অদুগা মীনা য়োকপদি কম্বা য়াগন্দে। মানা শাওহুবদি থক নেমথহনবা য়াদে।

ৱাহং—করম করম্বা লৈবাকতা শামুগগুা লৈবগে?

খুম্বা—বাঙ্গালা, শ্যাম, থাগী, যাবা, লঙ্কা অনিনচিংবা লৈবাকতা শামুগগুা লৈ অমসুং পোকই।

ৱাহং—শামুগগুাগী মউল করম তৌবগে, অমসুং মাতুনা করি করি পোৎ শানবগে?

খুম্বা—শামুগগুাগী মউনদি য়ামনা কল্লি। মাতু কৈগী খুজিলনা থিনবাগাই চংদে, শামু মন্নানা থিনবা ফাওদে, থাংনা য়ানবা চংদে, নোংমৈ মরু চংবা ঙমদে। মরমসিনা মীনা শামুগগুাগী মউলনা চুঙ্গোই, লালগী ফুরিৎ, মচিনা ফর ফরবা উপুংচা, তেঙ্গোৎ, ঈশিং পাত্র অমসুং শান্নবা পোৎ শানৈ।

ৱাহং—শামুগগুাগী মচি করম ত্তৌবগে ?

খুম্বা—শামুগগুাগী মচিদি মনাতোন মথকতা মরাইবকতা খুত্রুপ অনি অহুমলোম শাংনা পাল্লি। মচি অত্রু য়ামনা থোই। মানা চেনবা মতমদদি চুমদ্রিং চেল্লি, অত্রুনা মমাংদা উৱানচিংবা লৈরম্বা পোং পূমনমক ময়া অত্রুনা হাইগাইত্রুনা চেল্লি।

---

# উট।

অর্থঃ—উট—আরব লৈবাকতা লৈবা তিংথং চাবা শা মথল অমা।

আরব—লৈবাক অমগী মমিং। ডম্বুর—ফিগী য়ুম। ডাকুশিংনা—মীগী মপোংমুন্দুনা লৌবশিংনা। মগুনতনা—মশানতনা। লাম্থোকই—নাম্থোকই। মথৈলৈতনা—য়ামনা। মরুভূমিদি—লৈকংলাদি। ক্রোং ক্রোং—শুরাই শুরাই। মৈরিককী—মৈগী মরিক অপিকপগী। পাইত্রুনা—পাইথত্তুনা। পুকচেলতপ্পা—থাংবা কনবা। শোরহোনফম—মুংশাশোর হোন্দোক হোপ্লিক তৌফম। উইশিন্দুনা—পাংদত্রুনা। ইৱা ৱাদনা—ইলাই লাইনা। অমুক্কদা—পুন্না। কাপ্পরমদাইদা—থবক চৎনবা মতমদা। শিঞ্জিন্নৈ—তৌনৈ, চৎনৈ। থাংতুপ—উহৈ মথল অমা। তিংথং—তুম। তপ্পা—মবুকলোইবা। মমাইওন্দে—মমাইলৈদে। তুরস্ক—লৈপাক অমগী মমিং। পোংম্নোম—নম্বো। ললোলবা—ললোল ইতিক তৌবা। শঙ্কুফানা—শল্লুপ ওইনা। কুল্লি—কুস্থে। কোনশিন্দুনা—থুপচিন্দুনা। মথম্ভনা—অতৈ অমা য়াওদনা। বাঁশীতা—ৱানা শাবা থোংননবা যন্ত্র অমা। মথোক কারকপা—পাথং। পুনশি—হিংই।

ৱাহং—উট হাঙ্গৈবসি করম্বা শানো ?

খুম্বা—উট হাঙ্গৈবসিদি তিংথং নাপিশিংবি চাবা শা মথল অমনি।

ব্রাহং—উটনা করি কান্নবগে ?

খুম্বা—ভারতবর্ষগী মীনা উটকী মথোম থকই। মাগী মতুনা, ইন্নবা ফি অমম্মুং ডম্বুর শানৈ। কনাগুম্বা মীনা মাগী মশাম্মু চায়, মতুমচাশিং অদুগা কান্নবা পোংকী মথৈ উটকী মনমগনদা হাপ্তুনা কোয়না চৎলি। ডাকুনা মীগী মপোং হুরাল্লবম্মু মথোইগী মপাননা নান্থোকপা ঙমই। মরমঅসিনা আরব লৈপাককী মীশিংদদি ঙমথৈ লৈতনা কান্নে।

ব্রাহং—মরুভূমিদা চৎপা মতমদা উটনা করম তৌবগে ?

খুম্বা—আরব লৈপাককী লৈকংলাদি অকিবগী মশকনি। মফম অদুদদি ঈশিং ফংদে, উহোদে, উরুম লৈতে, অদুগা লৈপাক্তম্মু নাপি হোদে। য়েংউ য়েংউবা মাইকৈদা লৈঙোইতনা ফ্রোং ফ্রোং লাওৎনা লৈ। নুমিৎ য়ুংবগী নুংশা কন্না শাবা মতমদুদদি লৈঙোই ময়াম অদু মৈগী মতোৗগুমনা শাগৎলকই। নুংশিৎ কন্না শিৎকৎলকপা মতমদা, লৈঙোই ময়াম অদু পাইথৎখিবনা নুমিৎকী মশক উবা ফংদে। মতম অদুদা উটশিংনা কুম্থনা লৈ অমম্মুং অথোবা মীশিং অদুনা ফিরুক খুমজন্দুনা উটকী মরুমদা হিপ্তুনা লৈ। নুংশিৎ শিৎপা তোকখ্রগা অমুক চৎপা হোই। অদুগা মথোইনা লৈকংলাদা চৎপা মতমদা, মনাতোন মথককী মউননা নাতোম মেন্দুনা, মমিৎ উইশিন্দুনা ইরা ব্রাদনা চৎলি।

ব্রাহং—উটকী থিবোং থাও কয়া শুবগে ?

খুম্বা—ষল ইরোইগী থিবাং থাও মরি শুই। তৌইগুম্বম্মুং উটকীদি মঙা শুই। থাও অদুদা নুমিৎ কয়ানি মরুমগী থকপা ওকনবা ঈশিং হাঞ্জিল্লগা, কান্নবগী মতুং ইন্না থর থর শিজিনৈ। অদুনা নুমিৎ তরুক তরেৎনি ঈশিং ফংদ্রবম্মু উটনা করিম্মু ব্রাদে।

ব্রাহং—উটনা করি চাবা পাম্বগে ?

খুম্বা—উট তিংথং অমসুং শজিক চাবা য়ামনা পামই।

ব্রাহং—তুরস্ক, মিশর অমসুং পারস্য লৈপাককী মীনা উটপু্ ‘করমনা শিজিন্নবগে?

খুম্বা—তুরস্ক, মিশর অমসুং আরব লৈপাককী মীনা উটকী মনমগনদা অচৌ অচৌবা পোৎয়োম হাপ্তুনা লৈপাক অমদগী অতোপ্পা লৈপাক অমদা ললোলবা চৎলি।

ব্রাহং—উটনা চৎপা মতমদা করম তৌবগে?

খুম্বা—উটতি চৎপা মতমদা শাজৈনা করিনা ফুরবসু চৎলু য়াদে। বাঁশী খোংলগা মাতুগী মখোল তাড়না নুঙাইনা চৎলি।

ব্রাহং—উট অমোমনা অমুক্তদা মচা কয়া পোকপগে?

খুম্বা—উট অমোমদি অমুক্তদা মচা অমদগী হেন্না পোক্তে, উটতি চহি নিফুরোম পুনশি।

ব্রাহং—উটকী পারা তমলগা করি থংবা ঙম্বগে?

খুম্বা—উটকী পারা তমলগা, উট হাঙ্গৈৎসিদি মবুক তপ্পা, থাংবা কনবা, অমসুং অকনবা শানি হাঙ্গৈবা থংবা ঙমই।

---

# ধর্ম্ম চেনবা মী তেংবানবগী লৈতেংনি।

অর্থ:—ধর্ম্মচেনবা—ধর্ম্ম লৈবা, অরানবা থবক তৌদবা। তেংবানবগী—তাইবং পানবগী। লৈতেংনি—ফজনফর্মন। লাইরবা—মরল মথুম লৈতবা। অনংবা—ব্রারবা। অশোনবশিংবু—পাঙ্গল লৈত্রবা শিংবু। তাথিবা—য়েংথিবা। কল্লকপা—মীহোৎবা। খুতুমচনখিতুনা—মথা পোনখিতুনা। চাওথোক্তুনা—নাপল্ল তোহ্না। তুকচনদ্রবা—হঙ্গোইনদ্রবা।

মীনম্বা—চুমদবা। লৌনমতৌবা—ওইদবা হাঙ্গৈবা। লাল—লাল থেংনবা, খংনবা। থম্মোই—পুকনিং। থোইদোকনা—থোইনা হেন্না। থৌজালনা—নুংশিবনা, চানবিবনা। পিকথল্লি—মপুংফাই। মকারামই—পেল্লি, সুভাই। লীচিং অমতা—পুকচেল অমতা। থাগৎনগদবনি—শোন্নগদবনি। থোক্কনি—ওইগনি। চেকশিন্না—লুনা, নিংথিনা। মতিক ওই—মতিক চাই।

ৱাহং—ধর্ম্ম চেনবা হাঙ্গৈবত্ন কনাবু কৌবগে?

খুম্বা—লাইরবা, অশোনবা, অনংবা অমসুং অৱাবা মীবু কনবিবা অত্নগা মীনম্বা, লৌনম্বা ৱা ভাংদ্রবা, মীগী মপোৎ হুরান্দ্রবা মথোই অত্নবু ধর্ম্ম চেনবা মী কৌই।

ৱাহং—ধর্ম্ম চেনবা মীবু তাইবং পানবগী লৈতেংনি হাঙ্গৈবা করিননো?

খুম্বা—ধর্ম্ম চেনবা অরানবা থবক তৌদবা মীশিংদি মতম লৈবা থিবিকতা, মীগী য়াইফনবা তৌবি মীগী মপোৎ হুরান্দে, মীবু কল্লক্তে, লাইরবা অনংবাশিংবু থৌজালবি, মীগা খংনচৈনদে মীনা থীনা হাঙ্গৈরবস্থ শাওদে। হাঙ্গৈরিবা থবক পূমনমক অসিদি মীওইবগী মাংননবা মশকনি। মাসি লৈনদ্রবদি তাইবং পানবা অসি য়ামনা নুভাইনা পানগদবনি। ফত্তবা পূমনমক অসি ধর্ম্ম চেনবা মীশিংদি থক তৌদে। মরমসিনা মথোইবু তাইবং পানবগী লৈতেংনি হাঙ্গৈমরিবনি।

পাওতাক—ধর্ম্মচেনবা মী তেংবানবগী লৈতেংনি হাঙ্গৈবা পান্না অসি তমত্নুনা করি পাওতাক ফংবগে?

খুম্বা—মী ওইনা পোকলবদি অরানবা থবক থক তৌবা হৌনদে হাঙ্গৈবা পাওতাক অসি ফংই।

## লোইরবা।

শ্রীহট্ট, কোর্টচাঁদ প্রিণ্টিং ওয়ার্কস্‌-এ শ্রীকুমুদচন্দ্র দাস দ্বারা মুদ্রিত।

